***Malemdagi Hankhrabi Thawai Amada :***
*A Collection of Manipun Poems by*
*Yengkhom Krishna Ballav Singh,*
*Shillong-793001, Meghalaya (India)*

---

**ফোঙবা ঃ**

শ্রীমতি দেবী মরিং
(য়েংখোম ওংবী)
য়েংখোম পাব্লিশার্স
বেরাখাল, শিলচর-৩




**ফোঙবা মফম ঃ**

মনিপুরী সাহিত্য পৰিষদ, আসামগী ৪৩শুবা
চহীগী মীফমলেন, মনিপুরী রাজবারী, গুৱাহাটী ,
ইং ২০০৬, ডিসেম্বর ১৭

**কোপি মশিং ঃ**

২০০০ (লিশিং অনি)

**মমল ঃ**

লুপা ৯৫/-
লুপা ১৭৫/- (লাইব্রেরী এদিশন

**মখুম ঃ**

জেনেসিস, গুৱাহাটী

**নমফম ঃ**

চন্দ্রকান্ত প্রেস, তরুণনগর, দিসপুর, গুৱাহাটী

# কৎচবা

মনুং মতম চাদনা
মালেম অসিবু থাদোক্তুনা
চৎখ্রবী ঐগী ইচে
মধুমালতীগী স্মৃতিদা
থমোয় শেংনা কৎচবনি—
'মালেমদগী হনখ্রবী থৱায় অমদা''

—অইবা

# থাগৎচবা

— খৈরুদ্দীন চৌধুরী

— দ" ফুরিৎশাবম বীবমনি

— রাজামনি নোংথোম্বা

লাইরিক অসি ফোংবদা নাকোইননা নত্রগা হকথেংননা মতেং পিবিখিবশিংবু তৌবিমল খণ্ডবা উৎচবা ওইনা মথক্ত পনজরিবা মীওইশিংসিগী মফমদা ইকাযখুম্নবা উৎচরি অমসুং থাগৎচ্বী।

অইবা

# মালেমদগী হনখ্রবী থব্বায় অমদা

য়েংখোম কৃষ্ণ বল্লভ সিংহগী চন্না নিংথিবি পিকতক্ তৌবা কবিতাগী লৈচরোং অমা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা শাংলকপা থেংনরুবদা ঐগী থম্মোয়দা থোইদোক্না নুঙায়বা অমা ফাউখি। কুন্দো পরেংগুম লেংলবা অপিক অপিকপা লৈরাং খুজোকসিগা লোইননা শন্দোরক্লিবা মেংলবা লৈনম্না ঐগী থম্মোয়দা নুঙায়বা পোকহল্লি। পিক্রবসু মপুং ফাজরবী লৈনুংশি ওইবনা পুক্লিং হুণ্ডম্বা নুংশিবা মচাক য়াওরি।

মীওইবা, মহৌশা, নুংশিবা অমসুং লৈশেম্বা ইবুঙোগী মতিক মগুন শোন্বা, মহাক্কী খুৎশেমগী ফজববু শৈথাজবনা কবিতাশিংগী হীরম ওইরবস্ ইতিহাসকী কোনুংদা কোইবা পাম্বা কবিনা মজাতি অমসুং মরৈবাক্কী চাউথোকচনিঙায ওইবা মীথোই-মীহেন অমসুং ইতিহাসকী শিংথানিঙায় ওইবা কীর্ত্তিশিংবু শৈথাবা কবিতাশিংনা পুক্লিংদা হৌখিবা মতমগী ভিসন অমা নৌহৌনা উবা ফংবা কবিতা অপাবশিংনা থেংনবিগনি। হোংলক্লিবা মতমগী মীওইবগী বাখলদা, আশাদা, আদর্শদা মনুংহল্লিন্না য়েংবা কবিতা ময়া'মসু য়াওরি। বস্তুবাদকী ভাইরাসনা চিক্থৎখ্রবা পুন্সিগী মমলশিংগী মরমদা কবিনা নীংঙমদনা শোন্বা কবিতাসু য়াওরি। মহাও তংবা হৈরবদি ভাবোকশিংনা কাব্যসিগী রস চুপ্পা ঙমগনি হায়বদা চিংনদে।

আধুনিক কবিতাগী সিম্বোল, মেতাফরগী অশোংবা উমংদা ফজবা থিরিবা কবিতাগী ভাবোকশিংনা তিংখং মরক্তা বানা লৈরিঙৈদা চাউবা-কমলগী অচম্বা শৈরেংগী মগুন চেন্বা ইউনিভারসেল ভেলুজকী মহাও চেন্‌বা কবি কৃষ্ণ বল্লভকী কাব্য 'মালেমদগী হনখ্রবী থব্বায় অমদা' মীংথোন্বা কাব্য'সিনা মরুদ্যান অমগী ফজবা অমসুং নুঙায়বা পীবা ঙমগনি হায়না থাজবা পোকই। কবিতাগী ফজবা আধুনিক কবিতাদসু য়াওরি। নীলকান্তগী 'চৎলসিনে কদায়দনো ইবানি' ফজৈ। অদুম হায়না সমরেন্দ্র, দরেন্দ্রজিৎ, ইবোপিশক, ইবোমচাগী কবিতাসু ফজৈ। ফজদবা নত্তে বিশ্বনাথ, ইলাবন্ত, সনামচা, গম্ভীনিগী আধুনিক কবিতাশিং। অচম্বতনা ফজবনি হায়বা নত্তে। ফজবগী মথেল কয়ানি। কৃষ্ণ বল্লভগী কবিতা আধুনিক বাখল চেন্বা অচম্বা ফজবা কবিতাগী মচল অমনি। স্টাইল, টেক্‌নিক মতমগা লোইননা হোংলবসু কবিতাগী মচাকতি নুংশিবনি, ফজবনি, অচুম্বনি। তুংকোইনা লৈহৌবা কবিতাদি ভেলুজ চেন্বা খোইথুন্নবা বাহৈগী লৈচলনি। মফোংদোক্কী স্টাইলদি কবি মশাগী মরন্নায়গী ওইবনি। মীওইবগী মেটেরিয়েলিষ্ট ওইবা

মীৎয়েংদা পুন্সিগী খোঙচৎতা ওইভ্রবতা পাম্বা, ঐগীতনা হেন্না ৱাখলনা পৃথিবী অসিবু চাংয়েংগী খোঙজেল অনদা মী ওইবা তোকথোক্লগা পোৎচৈতা ওইনা উরক্লবা মতমসিদা অমৃত চেন্না অপেম্বদি কনায়? Sick hurry and divided aims কী লৈকংলাদা খৌগংনরবা মতমসিদা অপেম্বগী পাউ পীবা ঙম্বা কবিতাগী লৈচলদা য়াওরিবদি ফজবা ৱাহৈনা ফোংদোকপা মীনুংশিগী ঈশৈনি। অদুগুম্বা খোইথুন্নবা মহাও চেন্না কবিতা কাব্য'সিদা য়াওরি। নুংশিববু হাৎলুরবদা, কায়নকগী মীৎকুপ অমদা, মালেমদগী হুনগ্রবী থবায় অমদা, পুন্সি, থবানমিচাক, এলিফ্যেন্টা, সাহিত্যগী থোঙ্গাল য়ৌরবদা, রাজস্থানগী লৈত্রক্তা, পম্বা য়াবা কবিতাশিংনি। Quote তৌনিংবা কবিতাগী পরেং কয়া ভাবকশিংনা কবিতাগী contextদা য়েংলগা থোইদোক্লা হেন্না ফজগনি খন্দুনা পঙ্গদরে। ভাবোকশিংনা পাবীরগা নুঙাইবিয়ু। কবি'সে কাব্যগী জগৎতা নৌনা খোঙদারক্লবসু ৱাখলদি অরীবনি, mature ওইরবা মীৎয়েংনি। ককচেংগী ৱাকৎ, ফিতুবগী ফীজেৎ, খুদম ওইবা য়াবা কবিতা ঙাকনি। ফজবা চংখোম্বা কবিতা সাধনাগী মহৈনি। চম্না ফজবা হায়ববু করিনো? অচুম্বা, ফজবা, নুংশিববু য়াওরবদি অদুম মফজে। ঈশ্বরগী ফজববু করিনো? অচুম্বনি। অচুম্বতনা তুংকোইবা ঙম্মী। তুংকোইবা কবিতাদি ভাবকশিংনা কাউঙমদে। অদুম নুঙাযহন্দুনতা লৈ। The music in my heart I bore, long after it was heard no more, হায়বা অদুমক্নি। কৃষ্ণ বল্লভগী মৈরীক ওইবা কাব্যসিনা অচৌবা মঙালগী পম্মুং অমদা থুংবা ঙমগনি হায়না থাজবা পোকই। অরোইবদা পঙ্গনীংবদি শিল্প হায়বসে সংস্কারগী মথৌ তায়। অদুনা, পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ 'সংস্কৃতির্ভাব শিল্পানি'। কবি অসিগী অভিষেক কাব্যগী জগৎতা ওইরবনি। অদুবু চৎকদবা লম্বীদি শাংনা লৈরি। 'And miles to go before you sleep'. মৈতৈ কবি লাকখিনি ইমাগী লৈকোল ঙাম্লকখিনি। লেপ্তবা খোঙচৎতা কবিগী খোঙজং কাব্যগী জগৎতা মতমগী ইতিহাস শেম্বদা ঈচং থৌবা শিল্পী অমা ওইরসনু হায়না থৌনিজবগা লোইননা ঙসিগী নোকমিবা মায়থোং'সে মতম খুদিংদা লৈবা ওইসনু হায়না লৈশেম্বা মপুগী মফমদা নিজরি।

তাং ২৯/১০/০৬ ইং

খৈরুদ্দীন চৌধুরী
রংপুব, শিলচর-৯

# ৱাহৈ খরদং

*শৈরেং লাইরিক অমা ফোংগে হায়বগী ৱাফম অমা করিগুম্বা মতম অমদা খনবা লৈখিদে। মতম মতমদা পুক্লিংদা লাকখিবা / খল্লুবা ৱাফম খরা অদুম ইশিঙ্গরুব্নী। লাইরিক অমা ফোংলসিরা হায়না খল্লকপা মতাংদা অমুক খন্‌জানবা পোকখি। ঐগী লাইরিক অসি করম্বা থাক্তা লৈবা জাংনো, মীনা নোক্লখিগদ্রা নত্রগা ঐগী লাইরিক অসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী মফমদা লণ্ডজবা ওইরুগদ্রা হায়বগী চীংনবা অমা পোকখি। অদুনা লাইরিক ফোংবগী ৱাফম অসি অদুম হৌদোকপা ঙমদদুনা লৈখি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, মেঘালোয়গী প্রেসিডেন্ট ওইরিবা শ্রীরাজামণি নোংথোম্বনা মতম মতমদা ঐবু লাইরিক অমতংদি ফোংনবা তৌবিউ হায়না থৌগৎপিখি। পুক্লিংদদি খল্লি, অদুবু ইচং থৌনা হৌদোক্পদি ইঙম্ ঙমখিদে। নোংমা ঐগী মরূপ দ' ফুরিংশাবম বীরমণিনা (ইচেম্মা মেগাজিনগী এদিটর) ৱাফম অদুমক হৌদোকখি। ঐগা কয়া কোয়নদবা ওইবনা ঐনা ঐগীসু অইবা শৈরেং খরদি লৈ হায়খি। মদুদা মহাক্না য়াম্না থৱায় য়াওনা ঐগী স্ক্রপ্ট্ অদু গুৱাহাটীদা পুদুনা চৎখি অমসুং খরনি মতুংদা নমথোক্নুনা কোপি অমা প্রুফ্ য়েংননবা পীরকখি। মদুদগীদি ঐসু তুমিন্না লৈবা য়াদবনিনা কৈদৌসিগে 'সুম খল্লিঙৈদা ইংশোক ১৯৭৩ দা অমুকখক উনখিবা/ঙাংনখিবা ওঝা খৈরুদ্দীন চৌধুরীগী ৱাফম খংনিং নিংশিংলকখি। পদ্ধদনা খরনিগী মনুংদা ঐহাক শিলচরদা চংতুনা ওঝা খৈরুদ্দীনগী মফমদা ঐহাক্কী থৱায় হাপত্রিবা শৈরেং লাইরিক অদো সমর্পণ তৌখি অমসুং থমোয় শেংনা হায়জরুই—"করিগুম্বদা শৈরেংশিং অসিনা সাহিত্যগী খুদোল তম্বদা মতীক চাদবা ওইরবদি শেংনো হায়বিউ, ঐ করিসু ৱারৌবা তৌজরোই, ঐ থাঙৈশেংনা খংজদবনি।" মদুদা ওঝা খৈরুদ্দীন চৌধুরীনা চানবিদুনা মথং মথং শৈরেং পুন্নমক পাব লোইরগা লাইরিক অসি ফোংউ হায়না তাকপীরকপতা নত্তনা হরাও হরাও ঐগী লাইরিক অসিবু মশক তাকপীদুনা মথৱায় হাপ্পীখিবদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওখিবা মী'কুপতুনা ঐঙোন্দা তাকখিবদি ওঝা খৈরুদ্দীনগী মফমদা শিঙমলরোইদবা লমন তোললে হায়বসিনি।*

*মেগাজীন কয়াদা ফোংখ্রবা শৈরেং খরগা, ফোংখিদ্রিবা শৈরেং খরগা পুন্না শৈরেং কুনমঙাখক্লা লৈচল ওইবা "মালেমদগী হনখ্রবী থৱায় অমদা" কৌবা ঐগী অহান্‌বা শৈরেং লাইরিক মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা খুদোল তমজরী।*

**য়েংখোম কে.বি.**

# লৈচল লৈলাংবগী মতাংদা

ইং ১৯৭৬কী **জানুবারী থাদা** বোম্বেদা (**হৌজিক্লা মুম্বাই**) **চৎচরুবনি**। **মদুদা কোইরুবা মফম মফমশিংগী বাফম কয়া ডাইরিদা ইশিনজখি**। এলিফেণ্টা ঈথং কোইরুবদগী ফংলকপা মহাও অদু শৈরেং ওইনা ইশিনজখি, **এলিফেণ্টা** হায়না মীংথোনজখি। শৈরেংগী অহৌবা বাহৈ অদু বোম্বে হায়না ইজরম্বনি। অদুবু হৌজিক্লা মুম্বাই হায়না কৌনখ্রবনিনা ঐনসু মুম্বাই হায়না ওঙ্খোকচরে।

ইং ১৯৮০ দা শিলোংদগী মনিপুরী স্টুদেণ্ট্স ইউনিয়ন্না ফোংখিবা মেগাজিন "চুমথাঙ" গী লৈচল অমা হাপ্পনবা ওইনা জুনগী তাং ৬ ইং ১৯৮০ দা **ফি তুবগী ফিজেৎ** ইজখি।

সঞ্জয় গান্ধীনা নোংগাখিববু নিংশিংদুনা জুনগী তাং ২৩, ইং ১৯৮০দা **হয়েংগী নুমিৎ** ইজখি। **অঙাওবগী রূপ** জুন থাগী তাং ৬, ইং ১৯৮০ দা ইজখিবনি।

ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ওইরম্বা শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা ইখং খংহৌদনা ওক্টোবরগী তাং ৩১, ইং ১৯৯৪ দা নোংগাখিবদা ইজখিবা শৈরেংনি **ইতিহাসকী ইন্দিরা**। নোং চুখিদবদগী ইং ১৯৮৭ দা রাজস্থানদা অঙকপা ফংনা লৈকং থোকখিবা অদুদা লৈপাক্কী অবা-অনা তাখিবা থৌদোকপু নিংশিংদুনা ওক্টোবরগী তাং ৩১, ইং ১৯৮৭ দা **রাজস্থানগী লৈক্রক্তা** কৌবা শৈরেং অসি ইজখিবনি। তাং ৯/৪/৯১ ইংদা বাখলনা শাগৎচবা থৌদোক অমবু শৈরেং ওইনা ইথোকচখিবনী **নুংশিববু হাৎলুরবদা**।

আগষ্টগী তাং ১৩, ইং ১৯৯১, চহী চাম শুবা সহিদ নুমিৎকী ওইনা ইজখিবা শৈরেংশিং - **বরাক তোর্বানদা গম্ভীর সিংহ, ইন্দুপ্রভাগী খুভমদা** অমসুং **টিকেন্দ্রজিৎ** অসিনচিংবনি।

ইং ১৯৭৯গী জানুবারী থাগী তাং ১, (New years day)দা শিলোংগী Golf linkকী দৃশ্য অমদা শিংথাদুনা ইজখিবনি— **অনৌবা কোরৌ**। **নিংশিংবা** মার্চ থাগী তাং ১১, ইং ১৯৯২ দা ইজখিবনি।

**কক্‌চেঙগী বাকৎ** অমসুং **মালেম** ১৯৯২ ইংদা তুরা (গাড়ো হিল্‌স) কৌবা মফম অদুগা লৈরিঙৈ মতমদা ইজখিবনি।

তাং ৮/৮/১৯৯২ ইংদা **আশাগী য়েনীং** ইজখিবনি।

ইরুংবম চন্দ্র সিংহগী পুন্সিগী নুমিদাং বাইবম য়ৌরকপা মতমদা নোংমা ঐনা অহল অসিবু উনজরুই। মদুদা মৈতৈলোনবু ভারতকী নিপালশুবা সংবিধানদা মফম অমা কনবা ঙম্লে হায়বগী নুঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা মহাক্না অসুম্না হায়রম্মী— "ঐদি হৌজিক পেল্লে, ঐ হৌজিক শিরস্ য়াবে"। মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা নিংশিংবা ওইনা সেপ্তেম্বর থাগী তাং ৭, ইং ১৯৯৪দা **কাইনবগী মীৎকুপ অমদা** কৌবা শৈরেং অসি ইজখিবনি।

**তাইবং মপোক** তাং ৫/২/৯৬ ইংদা ইজখি।

**হৌখ্রবা মীৎকুপ অমদা** তাং ১/১১/৯৫ ইংদা ইজখিবনি। **শিলোং** তাং ২৫/২/৯৬ ইংদা রূপাঞ্জলী মেগাজিনগী মচাক ওইনা ইজখিবা শৈবেংনি।

**অঙকপা মতৌ** ইং ১৯৯৭ দা ইজখিবনি।

লাইবিক্কী মীংথোলগী ফম্বালদা লৈতেংলিবা **মালেমদগী হনখ্রবী থবায় অমদা** নবেম্বব থাগী তাং ২, ইং ১৯৯৮দা ইজখিবনি।

বাখলনা শাগৎচবা থৌদোক অমদা যুম্ফম ওইরগা শৈরেংগী শাওংদা লৈতেংজবগা পাবিরিবশিংনা নুঙাইনবা মহাও খবা তোপ্সিঙ্গরগা ইজখিবা শৈরেংনি। শৈরেং অসিগী থমোয়দা হিংলিবা নত্রগা লৈখিদ্রবা কনাগী মমী অমবু লোৎতুনা থমখিবগী বাফম অমত্তা লৈজদে।

**সাহিত্যগী থোঙ্গাল য়ৌরবদা, থবানমিচাক** অমসুং **পুন্সি** হায়বিবা শৈরেংশিং অসি ইং ১৯৯৮ দা ইজখিবনি।

খুদোলগী অরোইবা লৈচল **তাজমহল**, মীংথোল অসিদা কবি লিশিং কয়ানা শৈরেং ইন্নখ্রবনি। অদুবু তাজমহলবু উজরুবা মীৎকুপতা মহাকপু (তাজমহলবু) শিংথাদুনা শৈরেং ইনিংবগী বাখল পোক্লকখি। শৈরেং অসি মার্চ থাগী তাং ২৫, ইং ২০০৬ তা ইজখিবনি।

—অইবা

# লৈচল



-০-০-০-০-

# এলিফ্যেণ্টা

ভারতকীদি নোংচুপ্তা
মুম্বাই কৌবা সহরগী
হরবার বন্দর ঈয়াইদা
চীক্লা লেম্না ঙাম্থোইরিবী
এলিফ্যেণ্টা ঈথৎনি।

প্রকৃতিগীদি শান্নফম্
মীওইবগীনা য়েংনফম্
এলিফ্যেণ্টাগী দৃশ্যদি
অঙকপগী শকফম্নি
থম্মোই হুবা লমদম্নি
পুক্লিং নুংশিবা মফম্নি।

কবিগীদি চাকতাফম্
প্রেমিকশিংগী পোথাফম্
প্রেমিকাশিংগীনা তেংথাফম্,
য়েংবগী পেন্বা নাইদ্রবা
আরব সাগরগী ঈরোন্নুং
ফজরবা সংসার অমনি।

ইতিহাসকী লমায়দা
ময়েক লান্ন য়েকলিবা
চীঙু মাগী ঋারীনি,

তরেৎ শুবা শতাব্দী
থিজিন খোমজিন্বগীদি
মমল লৈবা কুমজানি,

অনিশুবা পুলোকেসিন্
হিন্দু নিংথৌ অঙম্বা
ইবুঙো মাগী মহাক্থক্
চীংনুং হুৎনা শাখ্রবা
নুংদা হক্না শেমখ্রবা
পাক চাওনা ফজরবা
এলিফ্যেণ্টা গুহানি।

নৌনা থোনবা মীংলেন্নি
এলিফ্যোণ্টা কোলোইদি,
ঘরাপুরী হায়রগা
খংনরম্মী মীয়াম্না।
তরাতরুক শুবা শতাব্দী
পর্তুগীসশিংনা পাল্লিঙৈ
ঘরাপুরী চীংখোংদা
হৌবারগীনা তোর্বান্দা
ফংনরম্মী নুংজাউ অমা
শামুগী শাওং মাল্লবা
হৌখ্র' মতম অদুদগী
ইংরাজীগী মরোন্দা
পর্তুগীসশিংনা থোল্লম্বা
এলিফ্যেণ্টা মীংলেননি।

এগ্রিস জাতিগী তুংনফম্
বর্গমাইল তরুক কোন্দুনা
তাইবং মীওই চাতরুক্লা
চাকতাদুনা পাল্লিবা
ৱাংতা পাদবা লমদমনি,
তম্পাক মচা'মনা খাইদোকপা
চীংদোল অনি লৈবদি
শিব-দুর্গা অনিগী
চান্ন ৱাখল উংপনি।

'ডি গেট্ওয়ে অব্ ইণ্ডিয়া'গী
নাক্ত লৈবা এপোলো বন্দর
এলিফ্যেণ্টাগী দমক্তা
মটর সার্ভিস চংলিবা
থুমহিগী লাইজ থক্তা
জাহাজ কয়াগী মরক্তা
মাইল তরেৎতং লাপথোক্লা
অবাং নোংপোক কাচিন্দা
পুং অমত্তং খোংশাল্লগা
তঙাইদনা থুংজবনি
ঘরাপুরী চীংখোংদা।

চাউখৎ খোংথাংগা লোইননা
প্রকৃতিগী ইঙ্খোলদা
খুৎশেমগী পান্বী থাখ্রে,

মালেম লৈকোয়গী শারঙদা
ইতিহাসপু য়োকখরে—
লৈখিদরে শামুনুঙ্
এলিফ্যেণ্টা মীংথোলগী
পুখ্রবনি সরকারনা
থমখরেদো মিউজিয়ামদা।
মটর লোনচ্কী থুংনফম
এলিফ্যেণ্টাগী চীংখোংনি,
ওইদা য়েৎতা ঈশিংনি
ফন্দুম শাংনা চৎলি
সরকারগী লম্বী মচা'দু
ঈশিংদগী কংফাল তম্না,
নাক্তা দোকান কয়ানি
সমুদ্রগী জীবশিংগী
শরুনা শাবা পোৎ চৈগী,
থুমহিগী লাইজ থকনদবনা
ঈশিং য়োনবী কায়াদা
মমল খরা পীরগা
অরাম খৌরাং কোকনৈদো।

চীংখাদগী চীংয়াং ফাউবা
নুংদা হক্পা খোংথাংনি
কাবদা 'ম্বাবা ফংদেদো,
গুহা মনাক য়ৌরমদায়
ওইদা খজিক লৈশিল্লি,

মীৎকুপ অমগী মনুংদা
য়েৎতা অমুক লৈখিদো,
মাংদা লৈরে গুহাদি
অৱাং মায়গৈ ওল্লিবা
খায়াৎ লাউনা কারিবা।

শিবগীদি খুয়াদা
হিন্দু নিংথৌনা খুদোনজবা
এলিফ্যেণ্টা লাইশঙনি,
চংখিবদা উবা ফংই
ওইদা লৈবা গঙ্গাধর,
য়েৎরোমদসু লৈরম্মী
জগোইগীদি নিংথৌরেন
মহাদেব অঙম্বা
তাণ্ডব জগোইগী শাথেক্তা,
ময়াইদসু লৈরিদো
মকোক অহুম লোংলিবা
মহেশ মূর্ত্তি ত্রিমূর্ত্তি,
ফক্লাং মায়গৈ মরিদা
মথং মথং লৈরিবা
শিব পার্বতী অনিগী
ইতিহাসকী ৱারীবু
ময়েক থোক্লা ইদ্রগসু
নুংদা হকপা লাইয়েক্লা
ময়েক লানা তাকলিদো।

ভাগিরথী গঙ্গানা
থুংল'বদা মর্তদা
শিবগীদি লূরেন থক
এলিফ্যেণ্টাগী মবুক্রেন
গুহাগীনা নোংচুপ্তা
লাইজ মকোন লৈরিদো।

চাউখৎলবা শহরদগী
ফুরা দলাল মরক্তগী
মীথোই মীরেন কয়ানা
ইতিহাসকী খোংগুলদা
খোংলোইননা লাকনরি
উমংগীদি লমদমদা।

'এ লি ফ্যে ন্ টা'
হৈনম্ লৈনম্না থল্লবা
বসন্তগী লৈকোলনি
স্বর্গগী লৈপাকনি,
ভারত ইমাগীদি থোঙ্গালনি



# ফি তুবগী ফিজেৎ

তমথীরবা কাটীনা
চপথৎপীরবা মচেৎনি
তুখরবা ফি'দুগী
চন্নদবা শরুকনি
শিজিন্নদা মাংলবা
তাইবংনা খোঙ্গাউনরবা।
চন্নদনা চৎলবা
লৈফুল্লক্তা তাওরবা
তোল্লবগী তাইবংনি
মাংলবা পুন্সিনি।
মীরাইবিগনু ঐহাকপু
তমথীরবা ফিতুবা—
নংদি খংলিবনি
নশানা চপথৎখিবনি,
ফি অদুগী ফিজেৎনি।
নংদি খংদেদো—
লংলা তৎপা কয়াসু
য়াওখিবনি ফিবুমদুদা,
তৌজরম্বনি আশাদি
লৌবিগনি ঐবুসু
তেক্তা কায়দা ওইরম্বনা।

লোইঙমদ্রবা পুন্সিগী
শেগায়রবা মচেৎশিংনা
তুরকখিনি অমুক হন্না
নিংথিরবা ফিজোলশিং
ইকাই খুম্নবা কয়াগী।
উররোই অমুক কনানসু
মীৎ তাংলবা মীওইবনি,
উহৌগনি শোইদনা
নাপঙ্বগী জগত্তা
থম্মোয় পানবা জীবনা
শেম্লক্কনি ফিজোল কয়া
মতৎ মতৎ তৎলবা
ফি তুবগী ফিজেৎনা।



# হয়েংগী নুমিৎ

ও হয়েংগী নুমিৎ—
থোকক্লিঙৈনা লাকখ্রবোই
তমথীরবা রাহুনা,
থাদোক্লরোই অমুক হন্না
মুৎখ্রগনি জগৎ অসিদগী।
নোঙ ঙানদ্রিঙৈদা নুমিৎ তাখ্রে,
সঞ্জয় গান্ধী নোংগাখ্রে।
হল্লক্লরোই অমুক হন্না
উররোই অমুক তাইবংনা।

"ইমাগী ইবুঙো নুংশিবা
তোপতোপ্পা ইচা লমহেন্বা
ইমাবু থারৌনা চৎখ্রবোই,
ঙন্না য়াহিপ তানখ্রবোই।
ইমানা করিসু খল্লুদে
ইচাগী লমহেন্বা শাজৎতুদা;
হল্লকখো লাউনে অমুক্তদি
ইমাগী তম্পাক্তা শান্নরখো।

কাউবা ঙমদেনে পলেমদি
ইচানা ইমাগী তম্পাক্তা
ওন্না থোইনা ঙাওজবা
শম পাইদুনা চীংজবা

ঋারৌদেনে ইমাদি।
ইমাগী অমত্তা ঙাইজরবা
নৌনা শেমগৎচবা আশা—
ইচানা হয়েং চাওরগা
ঙাওবা হল্ল মতমদা
বুদ্ধি লৌশিং তাল্লগা
তাইবং মীয়াম মরক্তা
মঙাল অমা ওইদুনা
নচীন ননাও ময়ামগী
লমজীং মৈরা ওইগনি
পুন্সিগী লম্বী তাক্কনি।"

ঙসিদি মদোম চৎখরে
লমজীং মৈরা মুৎখরে

চৎখ্রবোই ঙসি মালেমদগী
তাইবংগী মীৎয়েং ঋাংমদা
তাখ্রবোই হয়েংগী নুমিৎ ঙসিদগী



# অঙাওবগী রূপ

মুরুম মুরুম শোন
মচিন শগুপ শায়
চৎলিবা অসে কনানো
লম্বী লমথুং খংদনা!
ফদি ফরাসু শেৎ
মকোই ইচোম চোম
মশম ইশাং শাং
কনানো য়েংউ চৎলি'সে!
মীরমলেনগী ৱাখল খনদ্রবা
তাইবংগী পথাপ খংদ্রবা
সমাজ মনুংদা চনদ্রবা
অসিবু অঙাওবা নত্রনে!
ময়া ক্রক্ ক্রক্ চিক্
থারক্কী শরূনা ফল্লু
য়াংলেন মরূনা কোল্লু
শোয়খ্রবা ঈশ্বরগী খুৎশেমরা!
নত্তে, নত্তে অঙাওবা
মহাক অঙাওবা নত্তে,
নত্তে মহাকসে অমুকসু
শোয়খ্রবা ঈশ্বরগী খুৎশেম!
শিংবদগী হেন্না শিংলবা
খংবগদী হেন্না খঙলবা
খনঙমদ্রবা ৱাখলগী কয়াৎনি
কল্লবা থম্মোয়গী শোল্লবা মমীনি।
অঙাওবা নত্তে; অঙাওবগী রূপনি।।



# ইতিহাসকী ইন্দিরা

ভারতকী থাওমৈ
পৃথিবী থুংনা ঙাল্লম্বা
মাংখরে মুৎখরে ঙসিদি
অঙকপা নোংলৈগী শাফুদা।

কাওফদ্রবা চহী কুমজা
চাতরামাপলগা মরিফুমরি,
ওক্টোবর তাং কুনথ্রামাথোই,
অয়ূক পুং মাপল মখায়
নোংগী মমী লৈখিদবনি—
অঙকপা ব্রজগী খোঞ্জেলনি
মালেম পোখায়না খাক্‌খিবা।
খংপ্রেক খংবা মিৎকুপনি
সমুদ্রদা লৈক্রক চেন্‌খি,
হিমালয়দা মৈশা লাঙখি
খংলেপ লেপখি জগৎ
মালেমগী লেংলি চৎলিবা।

নবেম্বর তাং তরামাপল
ইংরাজীগী কুমজা—
চাতরামাপলগা তরা তরেৎ
ইন্দিরা প্রিয়দর্শনি
তাইবংদা মীকপ থোক্লককখি।

মপারী জহরগী খুজেংদা
তাইবঙ্বু মশক খংখিবা,
বাপু গান্ধীগী মরুমদা
পুন্সিগী ফিরেপ ঙাকখিবা,
লৈম ফমদা ফমখিবী
লৈপাক ঙাকপগী থৌরমদা।
ইন্দিরা নত্রগা ইন্দিয়া
খেৎনবা লৈতবা মীংলেননি।
ঙসিদি ইন্দিরা কদায়!
হয়েংনা ইন্দিয়া কদায়দা!

মপুদা হুইনা চীক্‌খিদে,
মীবুদি মীনাইনা হাৎখরে,
ইন্দিরা গান্ধী নোংগাখরে,
ঙসিগী কোরৌ নুমিৎতগী
ইতিহাসকী ওইখ্রে।



# রাজস্থানগী লৈক্রক্‌তা

ঐগী পৃথিবী কঙ্‌খ্রে
লৈক্রক চৎখ্রে মালেম,
পুম্সিগী তৌগদবা থৌরম'পুম্বা
চংখরে লৈক্রক মনুংদা।
ঈশিং চখোম অমগী মমল
পুম্সিগী মমলদগী হেনখ্রবদা
পূমকঙ্‌ কঙ্‌খ্রে হকচাংসে
নুমিৎকী খরায়দা ফৌখ্রবদা।
নোংমগী চাক্তান্‌গদবা মতমসু
চংখরে লৈক্রক মেনবদা,
শ্বোর হোনবা য়াশিল্লক্‌ত্রে
মীৎতগী পী তাখিদ্রে
য়াংবনা হকচাংশি পায়গদৌরে
ঈশিং মরিক অমা য়াওদ্রবদা।
নোংদম্বগী অরানবা ব্রায়েল,
মফম চাদবা ঐগী য়ুম্ফম্‌
অনিগী মরক্তা অমবু ওইববসু
সমুদ্রগী ঈশিং ময়ামদো
ঐগী শরুক করিগী য়াওদে?
মালেমসি পূমঙাং ঙাংখ্রে
মৈ হৌরে, মৈখু থোক্লে।
মায় চাকপমখৈ য়েংলুই
সোরারেনগী মায়গৈদা

নোংগী মমী তাবরা
তীল য়োংপা য়াদবমখৈ
খৌরাংলবা চরম অসিনা।
আসামদা সোরারেন পোখাইখ্রে
লম্বীদা হীয়াং তান্নখ্রে
শুমাংদা ঙা ফানখ্রে
ফৌকোংতা ঈশিং থমনখ্রে।
বাজস্থানদা মৈ চাকখ্রে
ইমুংদা লৈক্রুক চৎখ্রে
লম্বীদা মী খুদিনরে
নুংশাপ্পর হোনবা তোকনরে।
মসিবু করম্বা বায়েলনো
করম্বা বিধিগী নোংদম্‌নো।
জজ্‌ য়াওদবা কোর্টগুম
শেরান ভুবান বিচাব তৌরে।
হিংগে হোৎনবগী লম্বীদা
আশাগী পোৎযোম পুদুনা
শা-ষন, হুই-হৌদোং অপূম্বা
য়ূম্ফম থাদোকতুনা চৎনখরে
ঈশিংগী মায়গৈ য়েংদুনা।
অকোয়বদা মী উখিদরে
চৎনখরে অরাপ্পদা
ঈশিং চখোম অমগী মংলান্দা
সরকারগী মতেং থীদুনা।
ঐদি লৈহৌরি করম্বা ৱাখলদা

আশারা নিরাশারা ঐসু খংদে
ইদোমতা ঙাইহৌরে লৈকংসিদা।
ঐদি চৎলোই কদাইদসু
লেঙ্‌লোই মফম অসিদগী,
মাংখ্রবসু মৈখু ওন্‌দুনা
চংখ্রবসু লৈঙোয় ওইনা
হিংচাবগী মতৌগুম
অকিবা ফংলবা ফিভমদা
খ্বায়াৎ লাউনা কারিবা
রাজস্থানগী লৈক্রকতা।



# নুংশিববু হাৎলুরবদা

ঙসি ঐগী কোক্‌থক্তা পুরিবা পাপকী পোৎলুম্‌সে
ঐনা নুংশিববু হাৎলুবগীনি।
থাশি নুমিৎকী অহিংদা
থাবল পূরক্কনি বাশকলম্বা থাজদো
নং ঐগী কায়নবগী শম্বলদুনা
অপন্‌বা, অকায়বা ওইখ্রমালে।
পুস্পিগী লানফমদা মায়থিরবা
মীনম্বগী লৈচিলনা কুপ্লবা লাম্মী ঐনা
সমাজকী থৌরবা থাঙ পায়দুনা
নংবু হাৎখিবনী, হে নুংশিবা।
নংগী থবায়গা হকচাংগা কায়নবা মি'কুপতা
চেনখিবা ঈগী তুরেল অদুদা
ঐগী চোকথরবা হকচাংনা
অকংবা কাউশিংগুম তাওররি।
নংগী জগ্যগী কুন্দদা চাকখিবা মৈ'দুনা
ঐগী থম্মোয় চাকথেক্‌না মৈশা পীররি,
নংগী চাক্‌ঙমদ্রবা হকচাংদগী থোকখিবা মৈখুনা
ঙসি ঐগী শংসার অসি মমখরে।
নংগা কায়নবগী সমুদ্রদা—
ঈরুপ্লিবা ঐগী মীৎ অনি'সিনা
মালেমগী ফজবা উবা ফংদরে
নংবু হাৎলুবদগী, হে নুংশিবা।



# বরাক তোর্বান্দা গম্ভীর সিংহ

হে ইমা লাইরেম্বী
বরাক লৈম পুকতপ্পী
ঙসি নংগী গর্ভদা
নুংপাক অসিগী মথক্তা
গম্ভীর ঐনা ঝাশক্‌চরি—
ঙসি ফেংলিবা থাংশে
মথৌ হন্দবা ওইসনু,
ঙসিগী কোরৌ নুমিৎতা
য়েক্লবা তুম্না হাৎলমগে
নিংতম্‌ ফিরাল য়ৢংলমগে,
ইমাগী খূভম তানবদা
মালেম লৈমায় অসিদা
ফিদা পাক্‌না থারমগে,
ঐগী থাংগী খুৎহায় অমদা—
ঐগী থাংগী জগোই অমদা।
তোংজৈ মরিলদা নাম্বজগে
শ্রীহট্টদগী কবো ফাওবা
লমজেল থানা চেনজগে,
বরাক তুরেলদগী নিংথি তুরেল
হঙ্গৎনদুম ঈরোইজগে,
ঝাই কৌবা হায়জরোই
শ্বোর থবেৎ হোন্‌জরোই।

নিংতম উপাল থারমগে
বরাক্কী লৈহাওদা,
নিংতম মৈরা থাল্লমগে
নিংথিগী তোর্বান্‌দা,
বদরপুরদগী কবো ভেলি
শম্বল বাংনা থারমগে,
ঐগী থাংগী খুৎহায় অমদা—
ঐগী থাংগী জগোই অমদা।



# ইন্দু প্রভাগী খুভম্দা

মৈতৈ লৈকোলদা পোমখিবী
ফজবগী ঙমখৈ লৈতবী
মথৌনাদা ময়েং তাদবী
অৱাং নোংপোক কাচিন্গী
খনগৎপা লৈরাং শক্হেনবী
মধুচন্দ্রগী মচা ইবেন্মা
ইন্দুপ্রভা পুক্তল্পী।
হিরম্ব লৈপাক্কী ফম্নাইবা
কৃষ্ণচন্দ্রগী কোনুংদা
নাইতোম ঙানখিবী লৈমনি,
সনাগী লৈপাক কাছাড়দা
খাসপুর কৌবা লৈকোলদা
মণি ওইনা শাৎখিবা
ইন্দুপ্রভা লৈরাংনি।
কৃষ্ণচন্দ্রগী খুভমদা
হিরম্ব লৈপাক্কী ফম্নাইবা
মনাও ইবুঙো গোবিন্দচন্দ্র
লৈপাক ঙাকপগী থৌরমদা
জাতিগী মায় ঙাকখিবা
লৈম ফমদা ফমলিবী
ইন্দু প্রভাগা লোইননা।
হিরম্ব লৈপাক্তা লৈহাও মাংখি,
নিংথৌ ফমদা ফম্নাইবা

মরু হুনখিদে, মতোন চোংখিদে।
গোবিন্দচন্দ্রগী অরোইবা য়াহিপতা
মদোমতা পুহৌরি লৈপাক্কী পোৎলুম
হিরম্ব কোনুংগী অরোয়বা থবায়
ইন্দুপ্রভা মহারাণী।
ডিমাসা জাতিগী মৈ মুৎখি
কাছাড়ি ইনাৎকি নুমিৎ তাখি
ইন্দুপ্রভানা নোংগাখিবদা,
হিরম্ব লৈপাক্না শিখিবদা
সনাগী কাছাড়না পোকখিবদো
হিরম্বগী মোংফমদনি
ইন্দুপ্রভাগী খুভমদনি।



# টিকেন্দ্রজিৎ

হে বীর
হে অঙম্বা
নংবু নিংশিংজৈ
নংবু খুরমজৈ।
নংগী ঙক্তা
ফাঁশিগী কোঙ্গোয়,
য়েক্লবা মলেশগী
অরোয়বা খুৎলাই,
অরেম্বা তাখি
ময়ায় মাংখি
নংগী নীংতম্বা
ফিরেপ্কী মাংদা।
হে বীর
হে অঙম্বা
নংবু নিংশিংজৈ
নংবু খুরমজৈ।



# অনৌবা কোরৌ

ঙাংঙ্গ্রানবা কোরৌদি
তারমদাইগী শক্‌ফমনি
ফজরবা মচুদি
সনা অহীংবা মান্‌বনি।
নুমিৎ খুদিং তৎতনা
পুক্লিং হুবা লম্‌দমদা
নীঙমদবা মতমদা
লোৎখিবদো মহাক্‌নি।

অনৌবা চহী চঙক্‌লে
অনৌবা নুমিৎ ঙসিনি।
তনৌ তনৌবা মায়থোংদো
য়েংজবগী দমক্তা
লাকখি মীয়াম কয়ানা
ইকাইথীবি মহাক্‌না
লোৎচরীবা লম্‌দমদা।

মীয়াম তীন্‌বা উবদা
মাবু য়েংলি খংলবদা
ইকাইবগী মমি লাং
নুংশিবগী পোৎলুম পু
কোরী চেনখি মায়থোংদো।

লিরি লিরি মালংবা
উচান মনা অশংবা
শংবানবা ফিজোলনি,
লোম্ন লোম্ন তুমিন তুমিন
খুমজিনখরে মহাক্না
ঙসিগী অনৌবা কোরৌ।

হে অনৌবী তনৌবী
ইকাই থীবি শক্হেনবী
চৎখরেদো নংদি
তপ্না তপ্না য়াম্ন তপ্না
য়েংজহৌগে লেপতুনা
নীঙম্দবগী তম্পাকৃতা
তাম্না তাম্না য়াম্না তাম্না।



# নিংশিংবা

নংগী স্মৃতিগী নুংশাম্বরদা
হুমাং অনপ্পি কারবা ঐনা
পুম্নিগী ওমখৈদা লেপ্লগা
নুংশিবগী মমল তিক্নরি।
থবায়গী অহান্বা য়াকায়রোলদা
নংগী থুমলবা সুরনা
লৈশেম ঈশৈ শকখিবদো
তাইবংনা মিকপ থোকত্রিদৈ
থৌদু নুংঙনা তুমলিদৈ
মীহৌবগী লেপ্তবা ঈপোমনা
মঙ্লান্দা হন্ন হন্ন য়েশিল্লবদা
ইকাইবগী লৈরাইনা নিংখাইখিবগুম
সুরনা নিল্লবা কা অদুদা
ঐগী থাখলনা খন্থবা ওমখিদে।
কনাগী কায়নবগী শম্বলদা
স্বার্থগী উরীনা য়েৎখিবগুম
মকোক ঙাওবা ঈরৈনা
মফম খংদনা লৈখিবগুম
নংগী চয়েৎনবা শম্বুল্লক্তা
ঐবুসু য়াওনা লৈশিনথ্রবোই।
চান্নবগী তাইনবা থোং'দুদা
থাশক্কী ফূরানা নিংখাইখিবদা
থম্মোয়গী হাংলবা লম্পাকতা

নিংতম্না শান্নগে থৌরাংখিবা
নিংশিংবগী চৈনাখোলদো
য়াখলগী য়াক্লবা নুংশানা
কাহৎপমখৈ শারবসু
চাকথেক্হন্বা ঙমখিদ্রে।

চহীনা মরোল থুপ্পদা
পৃথিবীগী লৈরোলদা চংখ্রবা
নিংশিংবগী অমৃত ঈচেলদো
লামৈ চাক্পদসু য়াওখিদ্রে।



# কক্চেঙ্গী ৱাকৎ

পৃথিবীগী লৈমায় অসিদা
মীওইবনা খুদুম্ চনবা য়াররোই
জীব অতৈনসু ৱা চংবা য়ারোই।
মীওইবনা তৌনিংবতা তৌবা
জীব অতৈবু হষ্হনা য়েংবা
মীচং মীখাই নাইবা,
ঙসি কক্চেঙ সমাজনা
য়ানিংদবা ফোংদোক্লি।
মীওইবগীদি মীকোকসু থী
কৈ, শামু, উচেক ৱায়া খরগীসু
কাবক কাবক থীদোকই,
অদুগা অতৈগীদি থীদে।
পৃথিবীগী মনুং অসিদা
কক্চেঙ্ মশিংনা খ্বাইদগী য়াম্মী।
মীওইবনা মশিং য়াম্মী হায়বা য়ারোই।
শুবা নোমবগী মাইগৈদা
পাঙ্গল কনবগী মাইগৈদা,
সমাজ সেবাগী মরমদা,
কক্চেঙ্না ইহেন হেল্লি।
লমগী লৈহাও হাপ্পদা,
উহৈ-ৱাহৈ শন্দোকতুনা
উপাল ৱাপাল থাবদা
অচৌবা থৌদাং পুরিবা

ঙসিগী কক্চেঙ্ সমাজনি।
স্বর্গদা, মর্তদা, পাতালদা
উথক্তা, ৱাথক্তা, ঈশিংদা
কক্চেঙ্না য়ৌরুদবা লৈতে।
অৱা-অনা হংবা ওইনা
য়ুমকোক থুংনা চৎপদা
কনাগীদসু চীৎথরমদে।
চাওখৎলবা, সমাজকী লুচিংবা
কক্চেঙ্ ঐখোয় লৈরিঙৈদা
তম্থীবা মীওইবগী মখুত্তগী
মালেম অসিবু শোয়দনা কনগনি।
কক্চেঙ্গী অনৌবা ইহৌ অসি
'কক্চেঙ্ ডেমোক্রেটিক ফ্রন্ট' হায়না
মথং মথং থবক চৎথবা হৌরনি।
কৈ, শামু শওম্বু
মীওইবনা 'আন্দারগ্রাউণ্ড'নি হায়দুনা
ফারগা শারংদা থম্মী।
ষণগা ইরোইগা থবক শিজিন্নে
হামেংগা য়েনগনা চাওরগা চাথোকই।
হুইবুনা ইমুংদা চংহনদে
হৌদোঙ্বুনা ফুঙ্গা লাইরুদা ফমহল্লি।
মীওইবগী ফত্তবা ৱায়েলনা
ঙসি মালেমদা অৱাবা পুরক্লি।
মীওইবনা চীং কোক্পদা
করম্বা শাদগী 'পারমিশন' লৌখিবগে।

অদুগা, শা অমনা মীরক্তা চংলুরবদি
শা লাকলে হাৎলো হায়রগা
কোইতান তানদুনা হাৎলি।
ঙসি মশিং য়াম্বা ইনাৎ
কক্চেঙ্ সমাজ ঐখোয়না
মালেম অসি হিংহনদবা য়াদে হায়দুনা
চৎথরক্রিবা খোংথাংশিদা
জীব পূম্বনা য়ানিংবা উৎতুনা
অঙম্বা মতেং পীনদুনা
ঙসিগী মালেম কনবগী ঈহৌ অসিদা
জীব পূম্বনা শরুক য়াবিবা হায়দুনা
ঙসি কক্চেঙ্ সমাজনা
নোঙ্লুক্ন ব্বাকৎচরি।



# মালেম

মীহৌরোন্না হৌদ্রিঙৈদা
তাইবংনা পোক্ত্রিঙৈদা
নহাক্তি নুঙাইরমগনি
হে মালেম শকহেন্বী।
নংগী তম্পাকতা
তাইবং মীওই ময়াম্না
শুরু শুরু নৈদুনা
নংবু ওৎলিবসে
ওষ্ঠোকনা ৱারমগনিদা
হে মালেম নিংথিবী
জীবগী মমা ওইরিবী।
মীওইবগী নুঙাইবগী ঙমখৈদা
নংগী অৱাবগী পল থেংলরে
লালহৌ তোইনা হৌরে
নংদি পোখাবা ফংদরে।
নংগী কোকতা লামৈ থারিবা
নংগী থজিন্দা বোম কাপ্লিবা
নংগী মীৎতা জাহাজ থৌরিবা
কয়াম কুইনা খাংদুনা
মীওইববু ঙাকপিগনী
হে মালেম পুকতপ্পী।



# আশাগী য়েনীং

ঐগী ৱাখলগী মঙ্লানদা
নংগী মমী শামীরবা ৱারিদুনা
হঞ্জিন হঞ্জিন লিররবদা
তাঙ্গোয় তানা মুৎথ্রবা
নিংশিংবগী ফুরা অদুদা
হন্ন থৱাই হাপ্পরে।

কাইনবদা মাংখ্রবা নুংশিবনা
থম্মোয় থোংদা হন্ন ফুররবদা
ঈচেল লেপলুরবা তুরেলদা
কাউশিং তাওবা উরকখি,
লৈচিল্লকতা লোৎলম্বা থাজসু
মঙালগী তুংওইননা থোরকখি।

পুন্সিনা কাওগে থৌরাংলুরবা
শাংলবা ইতিহাসকী লমজেলদো
মালংদা মাংখ্রবা নামিবনা
হন্ন অমুক হুমলরবদা
ঈরাক্লখি মীৎকুপ খুদিং
মঙ্ফাওনখি মীৎকপ খুদিং।
পুন্সিনা পুন্সিবু মশক খংলক্পদা
থম্মোয়দা থম্মোয়না হংলখি
অৱাবা অমদি নুঙাইবগী মরক্তা
নুংশিবগী শক্তমনা লেপ্লরবদা
কাইনবনা থুংনববু কৌরগা
নংবু ঐগীনি হায়ররি।



# কাইনবগী মীৎকুপ অমদা

নোংমদোল থক্কী থাজনা
মঙাল ফনা ঙাল্লিঙৈ
নুমিদাংগী অমম্বা শরুকপু
তোয়না তোয়না চামখিবা।
ঙসি থাশিগী অহিংদা
মৈরা মুৎথ্রবা লম্জিংবনা
নোংলৈ নুংশিৎকী শাফুলক্তা
কদোমদা চৎকনি খন্জানরি।
কনাগী অরোইবা নুংশাশ্বরনা
ইতিহাসকী অনৌবা চেনাদা
লেপতনা মচু শঙ্লরি।
তাইবং মীরোল লোন্বদা
নীংতম্বগী সমুদ্রদা তাওদুনা
নুঙাইবগী অতিয়াদা পাইদুনা
পোকপগী মহৈ য়াম্লে খন্খিবা।
কুইনা খাংদুনা শরুবু কুপ্খিবা
অরিবা মরূগী কংলবা মকুদো
লৈচন্ ওইবদা মতিক চাখরে,
লেপ্তুবা মালেমগী লৈরোল শেম্বদা
ইতিহাসকী ফিজোলনা
মতম চানা ফিরোই হোংখরে,
শাংলবা পূম্সিগী চায়রবা ঝারীশিং
খোমজিন থুপচিন্বদা মায় পাকখরে।

★ লৈখিদ্রবা ওঝা ইরুংবম চন্দ্রসিংহবু নিংশিংদুনা শৈরেং অসি ইজখিবনী।

# তাইবঙ্ মপোক

পুন্সিগী নুঙাইবা মীকুপ অমবু
খৌরাংনা ঙাইবা মতাং অমদা,
তাইবংগী অনৌবা য়েনিং অমবু
ময়োল চোংবা ঙাইবদা—
মম্লবা বাঙ্গোইশঙ্গী
ফক্লাং মায়গৈ মরীদা
নীল্লরিবা মীরাওখোলনা
অকিবা অমদি তুজুংবা
কয়া অমনা চায়খায়রবা
ঙমখৈ লৈতবা মীকুপ অদুদা
থোৎনা ফজবা অমদি নুংশিবা
আশাগী ময়োলনা চোংলরবদা
মীহৌরোলগী অহান্বা মীহুলনা
তাইবঙ্দা নুংসাশ্বর হোল্লখিবা
তাইবঙ্ খোংচৎকী অহান্বা খোংথাঙ্
মালেম লৈকোলগী অনৌবা লৈচল
খোইরি নাওরিনা য়োম্লগা
ঈহিং-নাহিং মরক্তা
মীকপ থোরক্পা তাইবংদো
মালেমনা তারম্না ওক্খিবা
তাইবঙ্ মপোক নুংশিদা।
খোঙ্থাং হৌনা কপ্লগা
মীরোল লোন্বা হৌরকখিবা,
হন্ন হন্ন তুরগা—
চৎপা চোংবা ঙম্লকপা,

নবা ওইবা পুক্সিদি
নুঙাইবনা মপুক থল্লবা
অপাম্বনা মায়গৈ কোইরবা
মীনম্বা লৌনম্বা খংদ্রিঙৈ
অবাবা মশক খংদা
মায়গৈ কোইনা চেনদুনা
লেপ্তনা ফিরেপ তানখিবা,
শন্দ্রেম্বিগী বারিতনা
পূক্সি হাপ্ল লেপখিদে,
চৈরাক পীবসু তোকখিদে
তপ্তা কোক্‌পাক্‌পগী বারী কয়ানা
পলেম পম্বৌগী মীৎস্না ওই
মপু-মবেনগীনা চৈশু ওই
পিক্লবা আশাগী মরিক্‌তো
মৈরী কারকখি তপ্ন তপ্ন
মঙাল পীরকখি মতম চানা।
লোইদাম থাবুম কয়ানা
লমজেল থানা চেনখিবা
খংহৌদনা হৌখিবা মীকুপ্‌তা
পাওতাক পাওমেন কয়াগা
লাইরোল তীললোন্‌ তাকপিখিবা
তুংগী মীরোল শেম্বদা
মহৈ মরোং চুম্নবা
শেমগৎপা তমখৎপা লেপতনা
পা-খংলবা মপারীনা
পূক্সি শাজেন তোকখিদে,
লৈ শারবী লাংলেনদুসু
জগোই শাবা লেপখিদে।

পুন্সিগী লময়ায় য়ৌরবদা
নুংশিবা মশক খংলক্পদা
পাপ পূণ্য মরক্তা
সমাজগী চৈরাক কয়ানা
মতম মতমদা তেকথরকপদা
চান্নবা কয়া নন্খিবা
আশা কয়া তেকখিবা
থম্মোয় কয়ানা কায়খিবা।
লৈশাৎ পেন্ন তমলিবা
তেক্তা কায়দ লৈকোলদা
লৈনম্ন বাইচিল্লবা লম্পাকতা
থম্মোয় কয়ানা তিন্খিবা,
কাওররোইদবা স্মৃতি কয়া
য়েকপা শাবা লোইদ্রিঙৈ
ঙাইঙমদবা তাংকক্ কয়ানা
লেপ্তনা মচু শঙ্খিবা
তাইবঙ্ মপোক নুংশিদা।

পুন্সিগী থোং অমা লাল্লগা
শংসারগী য়ূমদা শঙ্গারুবদা
মালেমগী থুমলবা লৈহাওদা
মরু হুনবা হৌরকখিবা,
তাইবঙ্গী পোৎলুম কোকথোংলগা
অবা-অনা কয়া অমগা
চামিন্ন তুমিন্ন লৈমিন্নরিঙৈ
নুঙাইবগী মীকুপ কয়ানা
ঈথক ঈপোম মরক্তা

লৈনা জগোই শাখিবা
ৱাখলগী লেপ্তুবা ঈচেলদা
তোইনা তোইনা ঈরাক্লখিবা।

পিক্লবা ঈশিং মরিকতনা
সমুদ্র কয়া শেম্খিবগুম
হুন্খিবা মরু কয়ানা
লৈকোল ময়াম পা'খ্রবা,
লূথোং মখাগী ফৈজানা
হুমাং অনপ্পী কাখিবা।
উহৈতনা মরায় লূক্লবা
উপাল অদুগী পোৎলুমদো
অৱাবনি হায়সি কদায়
নুঙাইবনি লৌসি করম
হায়ফম তৌফম খংদনা
অদুম হৌখিবা মতমদো
ঙাইহাক্তং পোত্থাহনবা ঙমখিদে।

পূক্নিগী নুমিদাং ৱাইরমদা
লোথরকপা লৈরাংদো
ঙাংঙ্গ্রানবা করৌগী মচুম্দা
হন্ন হন্ন ঈরুপতুনসু
তেক্খৎহনবা ঙমখিদ্রবা,
তাইবংগী চিঙ্গাকনা লোইরকপদা
পূক্নিগী খোংচৎনা লেপখিবা
তাইবঙ্ মপোক নুংশিদা।



# হৌখ্রবা মীৎকুপ অমদা

অৱাবনা পোখাগে খল্লকপদা
লাকওম ফাওমদনা ফাওরকখিবা
নুঙাইবগী ঙাল্লবা থাবলদা
ঈথক ঈপোমগা লোইননা
ৱাখলনা জগোই শাখিবা
নামিবনা তাম্বা পিখিবা।
অদুবু, মীকুপ অমগী য়াওলদা
হিংনিংবগী থাওমৈ খংমুৎ মুৎখি
পূন্সি অসি লোইখিগনি খন্বদা,
নংগা করিগীবু খংনরুরবা
কাইনগনি খংনা খংনা,
আশাগী অরোইবা চেনাদা
ৱাহৌদোক কয়া ইগে খনখি।
অৱাবগী নুংসাশ্বরদা লূপ্লগা
মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈবা কনাবু
পোখাবা লৈতনা কৌরুরি,
থাজবগী লমায় খুদিংমক্তা
নুংশিবগী মচুনা শঙ্খ্রবা,
নংগা উনবগী আশাদা
নুমিৎনা থোকপা মফমদা

লমজেল থানা চেল্লুরবনি,
নুমিৎনা তাবা মফমদা
অমুক হন্ন থিরুরবদা
লাম্ব ফংদ্রবা সোরারেনদা
খুৎ তিংদুনা অমুক য়েংলুই,
বাখলগী কাচিন্দা লোৎখ্রবা নংবুদি
অদুম ফংবা ঙমখিদ্রে।



# শিলোং

প্রকৃতিগী থোয়দোকপা খুৎশেম্
চিংখদবা মচল্তনা য়োম্লবা
ফজবা মচুতনা শঙ্লবা
লাইরৈবাক্কী লৈকোল নিংথিবা।
তপ্পবা মালংবগী খোংচৎতা
ইংলবা অহিংবা উন্ মরক্তা
পারবা উচান মনা শিংনা
লেপ্তুনা জগোই শারিবা।
বার্ডস্ লেক্কী থোঙ্খাদা
লেমলৈ ঙানা শান্নরিঙৈ
শাবি শানৌ কয়ানা
হিবান্দা ঙাইহাক ফম্লগা
নুংশি য়াব্বা চিঙ্গোইনরিঙৈ
কোরৌনা হন্খিবা খংহৌদবা।
লেডী হাইডেরী পার্কতা
ফুগাইনা শাৎপা লৈরাং মরক্তা
পূন্সি বারী খজিক্তং চাইখায়রগা
মতম লেনগে খল্লুবদা
কোন্নহৌদ্রবা মতম অদুনা
মথংগী আশা অমুক থম্নরি।
গির্জাগী কাংশি মখোল্তনা
নিল্লবা নোংমাইজিংগী অয়ুক্তা

অশেংবা ফিজোলতনা লৈতেংলগা
অচুম্বা রাখলতনা লমজিংদুনা
থম্মোয় শেংবা মীয়ামদুনা
যিশুগী মীংখৈ শোল্লিবা।
ঈনাৎকী নুঙাইবা রারী কয়াদা
হরাও তয়াম্বগী খুদম উৎলিবা
নোংক্রেম্ জগোইগী খুৎথেক কয়ানা।
মালেমদা খ্বাইদগী চোৎলবা
নোংগী মকোন্দগী হুন্নকপা
পিক্লবা ঈশিং মরিকতনা
তোয়না তোয়না চামলিবা,
লৈমরেল লাঙোন্ মমোম লাংলেনগী
থোৎ নৌরবী "খুৎথেক তাম্থা"না
তত্তনা ঈথক হৌরিবা
অরাং নোংপোক লম্দমগী
লৈচল শুরবা লৈকোলনি।



# অঙকপা মতৌ

ইঙাগী নোংনা চাম্খ্রবা
ময়েক শেংলবা মালেমগুম
পিরাংগী সমুদ্রদা লূপলুরবা
মীৎলু অনিগী ঝারীদুদা
করম্বা আশাগী ময়োলনা
থমোয়দা য়েনিং হুন্খ্রবা।

পূন্সিগী শাংলবা লমজেলদা
মী'কুপ খরা উনখিবনা
ফজবা শক্তম অমবু
য়েংবগী খুদোং চাহৌদবদো
নিঙম্হৌদবা থৌদোকনি।
অদুবু, খোম্জিন্বদা মতম হৌখি
চায়খায়রম্বা ঝারীশিংদুদি।

কনাগী 'অঙক্পা মতৌ' অমনা
ঈথক ঈপোম হৌদুনা
ইতিহাসকী লৈরায়দা
হন্ন হন্ন য়ৈররবদা
নিংশিংবগী মচাক কয়ানা
লেপ্তুনা মচু শঙলরি
কায়নবদা ময়েক চামখ্রবা
মল্লবা চেনা অমদা।



# মালেমদগী হনখ্রবী থৱায় অমদা

নংগা খংনখিবদো য়াম্ন কুইরে,
অকক্লবা নুমিৎ অমদবুদি নথখিদে।
নংগী ৱারীদা চেনা খরা কল্লুবনা
ইতিহাসকী মচাক ওইরে ঐসু।
মতৎ ওইবা থৌদোক কয়া'মসু
লঙ্দাই অমদা পুক্সিন্বা ঙমহৌদে।
ৱারী ময়াম অমা চায়দুনা লৈহৌরি,
ঐনা খোমজিনবসু ঙমগনি থাজদে,
নোঙ্খাং চাদুনা অদুম পৎখ্রগনি।
ফজরবা তাইবং পালনি! হায়নৈ মীওইবনা,
কয়া হেন্ন ফজবনো— মুন্ন য়েংহৌদবনি।
নংসু উহৌদবা মাল্লি! ফজবদো,
অদুনা য়াংনা হনখিবা ওইরমগনি।
নংগী খোংথাং খুদিংমক্কী মনিল ফংখিবনী
অদুবু, ঐ থাঙেশেংনা খংবা ঙম্হৌদে
নংগী অরোইবা খোঙ্চৎ অদুমদি।
কনাদা হংলগা খংবা ঙমগনি!
কদায়দা চৎখ্রিবনো থৱায় নংনা।
মালেমগী ৱাংমদা করম্বা লম্দনো,
থৱান্মীচাক মরক্তনিসু হায়নৈ—
মায়গৈ সলাই অমত্তা খংহৌদবনা
য়েংজহৌবগী খুদোংচাবসু ফংহৌদবনি।

স্মৃতিগী ঝাহৌদোক অমনা লঙ্জিন ওইখিবদা
নিংশিংবগী ঝাংমদা লৈখ্রবোই খল্লুরবা
কাচিন-কোয়াদা লোৎলম্বা থৌদোকশিংদো
অনৌবা কুম্‌গী অহান্‌বা নোংজুদা
মবুক থল্লবা তুরেল অমগুম্না
থিংবা ঙমদবমখৈ চেম্থরকখি।
স্বর্গগী অপসরা, ফ্লোরেন্সকী মোনালিসা
ফজবগী ঙমখৈনি হায়নবা তাখি।
ঐগী মিৎলাওবী রাশি লৈবীদো
ঐনা খংজবা মালেম অসিদদি
মঙোন্দগী হেন্‌বা উজখিদ্রি,
মহাক থাঙৈশেংনা ফজবগী মবেম্মনি।
পূন্সি খোংচৎকী তাংকক্‌ অমদা
খংহৌদবা নোংলৈ অমগী শাফুগুম
মীৎয়েং অনিগী লঙ্‌দাইনবা মীৎকুপ অমদা
কনা খংদবা ঝাখল অনিগী কাচিন্‌দা
থমোয় অনিনা শকখংনখিবদো
নংদি নিংশিংবা ঙমলিগদ্রা?
অনৌবা পূন্সি অমা শেম্বগী থৌরাংদা
মঙ্‌লান কয়ানা শাগৎখিবা ফূরাদুদা
উনখিবা মিৎকুপ খুদিংদা ঈনোৎ হাপ্প লেপখিদবা
লেপ্তবা য়াওলগী বসন্ত খুদিংদা
চোংলখিবা অনৌবা মনাশিংদুনা
শারেপ ফাহনখিবা উপাল অমগুম
লেপ্তবা মতমগা কোন্ননা শাগৎখিবদা

মপুং ফাগ্রবনি নুংশিবগী শক্তম অদো।
হরাও কুম্মৈগী থৌদোক কয়াদা,
লাইনিঙ্ লাইশোনগী থৌরম কয়াদা
শরুক য়াথ্রবনি অমত্তা চিংথদনা।
থৌদোক কয়ানা লেনখিবা অহিংদা
শাগৎখিবা ৱারীশিংদো
থা-থৱানমিচাক কয়া অমনা
শাক্কি ওইদুনা লৈহৌরবনি।
সমাজকী ৱাংলবা শম্বল ৱাংমদগী ঐনা
ননাক্ত লাকপা ঙমখিদবগী অৱাবা
নংনা পূক্সি চূপ্না খাংবা তাখিবা।
অপোকপী পলেমগী পেন্নবা শিনবদা
য়াথং অমগী চৈথৈনা থৎথ্রবদা
নংনা কৎথোকখিবা নুংশিবদো
লমথাক নত্তে, অচুম্বা শক্তম অমনি
নুংশিবগী মালেমদা খূদম অমা পীরম্বনি।
ঐগী পৃথিবীগী খোংচৎ লেপখ্রবোই নিংই
নংগী পূক্সি খোংচৎনা লেপখ্রবদা।
নুংসাশ্বর হোনবা লেপখ্রবনি জীবনা
লৈকং ওনখ্রবনি, থৱায় য়াওদ্রবনি
নংনা থাদোক্লম্বা মালেম অসিমদি।
তেকতা কায়দবা হকচাং পোলাং অদুদি
নংনা করিগী থনম্বনো?
নংগী লূ-তোংদা চেল্লম্বা ঈ-শিংদো
কন্নানা পুখিবনো খংখিদে।

লেমহৌবা শরুক অদুসু লৈরমদ্রে
মৈ থাদোক্লমলে লোইনমক
উৎকী মপৈ অদুমতং ঙাইহৌরে।
মুৎখ্রবা দোশিদগী কারকখিবা মৈখুদো
তপ্না তপ্না অদুম পাথরকখি।
লীবদা লোইররোইদৌবা ঝারীদুসু
মতমনা মচেৎ মচেৎ পুদুনা চৎখি।
ঙকই, অদুবু ঙক্লিঙাই করিসু লৈখিদে
মহৌশানি হায়না অদুম লৌবা তাখি।



# সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা

পৌরোন লোনখ্রবোই খল্লুই
হাইফেৎ চিংনরপ্লা য়েংলুবদা
মতম কুইনগী লিরবা লম্বীদুদগী
লাপ্তক্লা উরিবা কোম্থোঙ্‌দু
সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা।

নুংশিবা লৈনম মহৌশাগুম্‌ই
লেপ্তবা শাফু'মগা লোইননা
মখল মথেলগী লৈনম কয়ানা
ফুজিল্লকখি নাতোন্দা ৱাইচিনবমখৈ
সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা।

ইমাগী লৈকোল নিংথিবী
মহৌশাগী শান্নবুং ওইরিবা
ফজবগী মীখ্বে শোনবদা
লৈজবা ৱাহৈনা কোন্নহৌদবগুম্‌ই
সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা।

অরিবা কবিগী খোইথুল্লবা ৱাহৈতনা
নিল্লখি মায়গৈ শিনবা থুংনা,
নিংবা কায়রবা উপন্যাসকার কয়া'মগী
কায়নবা শেৎনবগী মীরাওখোলসু তাবা ফংলি
সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা।

পূন্সি ৱারী মপুং ফাহৌদ্রবা
লাইবক থীরবা, তামহৌরবা ময়াম'মা
উবা ফংই, অৱাংবা থাক্তা থমলিবা

সাহিত্যগী পূক্কৈদা খোমজিন্‌খিবদো
সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা।

বারী মচাগী লৈ পরেংনা
শম্বল ওইনা খাবা ওইরমলে
ইমাগী লৈকোল নিংথীবিদু
মচাবু ওক্‌তুনা লৈরম্বা উখি
সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা।

মতমগী কবিশিংনা কাপশিল্লকপা
বোম, নোংমৈগী মৈখু মরক্তা
ঈ-চরোং চরোং য়ালম্বদুদা ঐদি
পৌরোন লোন্‌খ্রবোই খল্লুরে
সাহিত্যগী থোঙগাল য়ৌরবদা।



# থৱানমিচাক

কনা'সু খংদে নংবু কনানো
মৈ রা মৈঙালরা তশেংনমক।
কয়াম লাপ্ন লৈবনো
নংনা লৈরিবা মফমদো
করি লমদমবু কৌবনো?
পৃথিবী কৌবা গ্রহ অসিদা
তাইবং মীওই কাঙলুপ্নদি
নংবু শক তাক্কে খল্লুবদা
নংগী মিংলেনসু থোনখরে
'থৱানমিচাক' হায়না কৌখরে।
শৈরেংবা কয়াগী খোর্জ্জেনা
তাঙ্জা চানা শিংথানরি
অৱা নুঙাই পুন্সি কয়াগী
চাংদম ওইনা শিজিন্নরি
থৱানমিচাক্কী পুন্সি হায়না।
থামম্বা অহিংগী অতিয়াদা
চনন্নবা লৈরক অদুদা
পেন্ন য়েংগে খল্লুবসু
অরেম্বা তাদুনা তোকখি
মীৎন চোকথখিবনা হানখি।
হে অতিয়া লৈপাক্কী থৱানমিচাক
নংগী খোংবুদি কনা কনানো
ঈশিং নুংশিৎকদি খংনরবরা?

নংগী পাকচাওরবা লৈপাকতুদদি
কনাগী ৱায়েল চৎপনো?
স্বর্গগী করম্বা লৈকোলনো
মণিনা পূম্ঙান্ ঙাল্লবা লম্পাক্তুদা
যায় চরোং চরোং শাৎলিবা
করম্বা তাইবংপালগী শক্লাইবনা
লৈ লাংববু চৎলিগবা?



# পূন্সি

অহৌবদগী অরোইবগী মরক্তা
চয়েৎনবা থৌদোক কয়ানা থল্লবা
মতমগী ঙমখৈ অনিনা য়োল্লবা
অৱাবা নুঙাইবা কয়া'মনা তিনখিবা
শাগৎপগী লোইবা নাইখিদ্রবা
লেপতবা খোংচৎ অমবু
পূন্সি হায়না মিংথোনখ্রবা।
থাজবগী মচাকতনা পূনখ্রবা
ফজবগী লৈ-তনা পরেং শেমখ্রবা
মরিক চুম্বা উপাল গুম্না
লেংদবা মফমদা য়ূম্ফম ওইখ্রবা
মিৎকুপ অমগী পূন্সিসিদা
পূন্সি কয়া লেনবা ঙমখ্রবা।
মীৎকুপ খুদিংদা শিখ্রবা পূন্সিনা
ইতিহীসকী লমায়দা লেপ্তুনা চৎলি
কোরৌ কয়া হাৎলগা শেমখিবা
লোইনাইদ্রবা পূন্সি ৱারীশিংদো
করম্বা ঙমখৈগী মাংদা লেপলুনি
কনা'সু খংদে করম্বা মতম্দা।
অঙক্পনি পূন্সি খোংচৎ
লেপ্প নাইদবা খোংথাং কয়'মনি

কনানস্যু মশিং থিবা ঙমখিদ্রবা।
কয়াম শাংবনো, কয়াম পাকপনো
হকচাংগা লোইনদুনা চৎমিন্নরিবনি
মিৎকুপ অমা থানখিদ্রবনি
অদুবু, কনানস্যু উবা ফংখিদে
মশাগী পূন্সি অদো কয়াম ফজবনো



# তাজমহল

অঙকপা পোৎশক অমবু শিংথাবদা
মালেমদা মশক তাক্লিবা
যমুনা মপালদা শারেপ্লিবা
নুংশিবগী অরোইবা ঙমখৈদা
থমোয় পেন্না তম্খিবা খুদোল
অৱাবগী মমীনি তাজমহল।

তম্থীবা শক্তম অমা য়েক্লুবদা
খুদম ওইনা শাবা ঙম্খ্রবা
নুঙঙৌদা হক্তুনা শেমখ্রবা ফূরা
থমোয় মচেৎ মচেৎ শেৎনখিবা,
কাইনবগী মীরাওখোলনা নিল্লবা
ঈখেংদা লূপ্লবা তাজমহল।

মপুরোইবা কাইনখ্রবী কন্নানা
অঙৌবা ফিজোল হোংদুনা
ইংলবা থাবলগী মরুমদা
মদোম তুমিন্না ফল্লগা
কাইনা মৈচাক কয়া নিংশিংদুনা
পিরাং শিন্থুরিবা তাজমহল।

মতমগী মতেংনা শাখিবা
নংগী (তাজমহলগী) তুজুংলবা শক্তমদো
লোইবা নাইবা তাইবংদগী
মতমনা পুদুনা চৎখিনি
নংগী ৱারাঁসু মাংখিনি
মীংখৈসু মুৎখিনি তাজমহল।

নুংশিবগী মফমদা মায় থীরবা
নিংথৌরেন শাহ্জাহান অঙম্বনা
নংবু (তাজমহলবু) শাক্ষী থম্লগা
মমতাজবু শোন্দুনা য়েকখিবা
আত্মাগী নুংশিবা পাওদম্দুমদি
তাইবঙ্ থমোয়দা লৈহৌরনি, তাজমহল।







## — ঙাইবীয়ু —

মথংদা ফংবিগনী অইবগী লমকোই ব্বারী "**মালেমদা তোমথিল ঙাল্লিবী বাহ্‌রেইন**।" লৈপাক অমগী ব্বারীনি। ঈথং অমগী বারীনি। পাকলবা সমুদ্রগী ঈশিংগা মরুভূমিগী লৈঙোইগা কোন্নরগা কপমিন্নবগী বারীসু ওইবা য়ায় নত্রগা সমুদ্রগী ঈপোমগী জগোই মরক্তগী হুমলক্‌খিবা নুংশিংকী তাম্বাদা মরুভূমিগী লৈঙোইনা জগোই শাখিবগী বারীসু ওইবা য়ায়।